# বাল্মীকি

শীতলজিৎ

অহানবা ফোংবা
১৯৫০ ইং

শ্রীরাসবিহারী সিংহনা ফোংবা
ক্রেশুন ইউনিয়ন প্রেসতা শ্রীরাসবিহারী সিংহনা নম্বা

স্বত্ব পুম্নমক লাইরিক লেংবগীনি ।

মমল ৷৷৵৹

## কথোকপা

তাইবং শেম্বা মপু শ্রীশ্রীরামচন্দ্র
গী
শ্রীশ্রীচরণদা নোল্লুক্না
ভক্ত বাল্মীকিগী থোঙ্গুন লীহুনা
"বাল্মীকি"
কোবা শৈরেং মচাসি
কচ্চরবনি ।

# বাল্মীকি

১

ভারত কোবা লৈম-য়োন হরি-পুক্নিং শুম্হংপুং
লৈকোইন্নুংদি মহাক্কী কোরৌহনগী য়াহৌপুং ॥
ভাইবং মালেম শেম্বগী য়াকা-খোঙ্হোক্ অহানবা।
অছৈরাকপা অহানবা কবি মাগী ওইখিবা ॥
লৈশৌপুংদা য়াতাবা রাম-নাম্না নুংঙনবা।
বাল্মীকিবু হায়নদি মালং-লৈনম ওইখিবা ॥
গুরু-কোক্হন্ কোক্রেন-ও নখুয়াদা চংজরি।
খুয়া-উফুল-মরিক্'মা পিবিনবা হায়জরি ॥
তাববুদি হৈত্রিবা ঐগী নাকোং অপংবা।
ৱাহৈ অম-নিদংবু নাকোং-শউম য়ৈরবা ॥
থৌগলগে ননাইনা কবি-গুরু নহাক্কী।
রাম-নাম্না শেংলবা পুন্সি মতেক নহাক্কী ॥
অসিমস্তু নিজগে নহাক্কীদি থৌজাল্না।
নবুঙোদি রাম-দা খুরুমজবা ননাইনা ॥
ভাইবং শেম্বা মপুনি তোল্ল-তার' ভাকপনি।
ইপাপ লিশিং লিশিংনা লম্মুক্লবা ঐহাক্নি ॥

অফ-য়াইথোং চংদুনা ভক্ত-নাস্তা কুল্লুদে।
তাইবং-মালং খোঙ্গাওপোৎ ওইদুনবু লৈবদে॥
পুরুম্-মিংথৈ থংদবা অপাংবদি ঐহাক্না।
করি হায়না শোনগনি থংদমথৈ লৈরেনা॥
তুরেল-কাউশিং ননাইনা মালং-ফোরোই তোরৈ'না।
লৈজরিবা অসিবু থুয়াখাদা থম্লোনা॥
নংগী কোলোই অথুম্বা মাপা ইলৈ-লৈতবা।
ইহান-হান্না শক্লম্বা কবি-গুরু থোজানবা॥
মাগী পুন্সি অশেংবা মতেক অমা শকুনা।
পাপকী মকোন্ থম্মোইনুং শেংগে ওসি নিংলেনা॥
তোন্না-নোন্না নিংজবা থুংহনবিগে ননিংনি।
থুংহনবিরোই ননিংনি ঐনা নিংজবতনি॥
মুঙ্ওল্লম্বী অহল্যা নথুয়ানা শোকপদা।
মুং-পেৎ থরাই ফংখিবা তোল্ল ঐনা কাওদেদা॥
চিন্বংনবা খোর্জেইসি চিন্দুমগনি শোইদনা।
নংগী থোজাল মরিক্না অহল্যানা হিংগুম্না॥
ভক্ত থোইরেন গুহক-নি ঐদি মহাক্-কুমদেদা।
হনুমন্ত অকনবা মাগুম নিংবা ওমদেদা॥
ওইদা-তাবী সীতাবু য়েত্তা-তাবী ওইহনবা।
ইবুংঙোগী ননিংনি কনানবু ওমগবা॥
থোজাল-হৈবা হাইবদি মরম'দুনা হাইবনি।
নথোজানবু শংদুনা ঐস্থু নৌনা চংবনি॥

২

গোলক-পুরী সনাপুং কবি চাংবু তাহনবা।
তোল্ল’ ঐগী খোৰ্জেনা করম হায়না ইশিবা॥
ঋতু-তরুক্ থৌগল্লি মপান্-নাইদা নুংঙাইরি।
মরাং-কায়বী উপাল্লি কল্প-বৃক্ষ কৌনরি॥
পুংময়োন্দি মন্নুংদা নিংবদবু থুংহল্লি।
অৱাৎপবু খংহন্দে নুংঙাই-পাক্তা তাওহল্লি॥
খোং-নোইবনা শিন্থা ওই লৈজরিবী লক্ষ্মীনি।
মবুংঙোদি নারায়ণ পেল্লা নোক্পা লৈবনি॥
অকন্-ফীদা মথক্তা ফম্লহুনা নারায়ণ।
শরুক-মরি থোক্লবু শায়োল্লিংলে নারায়ণ॥
নিংলকপগা তৌঙম্বা খংনৈ খাইনা মহাকল্প।
রাম-লক্ষ্মণ অমদি ভরত শত্রুঘ্ন মরিবু॥
নারায়ণনা ওইরকপা অয়েং-পুক্নিং হুথিদা।
লক্ষ্মীদেবী ইবেম্মা সীতা দেবী ওইথিদা॥
মনাও-বুঙো লক্ষ্মণ-না ছত্র থৌগল্লহুনা।
মনাও অনি অমনা চামর কাঁহাই হুমহুনা।
সীতা দেবী লোইনবা নারায়ণবু উবদা
ওকথি ছকথি নারদ বুদ্ধি লৌশিং সুমথিদো॥
খল্ল’ খল্ল’ মমশল্লক করি তৌনি খংলক্তা
ব্রহ্মা-মনাক য়োনবু চৎখি নারদ তম্নদা॥
মফম খংদ ব্রহ্মানা মহাদেব মহেশ্বর

তান্নবুদি পুখিদা নারদ কৌবা মুনিবর ।
অনিহুবু উবদা মহেশ্বর হরাওনা
তরাম তরাম কৌরগা মপাও তাকউ হায়খিনা ।
শিব-য়াথং ফংদুনা বৈকুণ্ঠগী থৌদোকপু
মরিক চুন্না তমখিদা শিব-নাকোং য়ৌনবু ।
মহাদেব মহেশ্বর। ঐখোইনা লাকপা মরমদি
নারায়ণ-না শায়োনবা করিগীনো হায়নদি ।
হংজগেদো হায়দুনা চংজরকপা ঐখোইনি
কোকহনবিন্ন চিংনবা চংজরিবা ঐখোইনি ।
মাইথোং-মরি-লৈতেংবা বিধি মাগী ব্রাহংদ্র
তারববু মতমদা খুন্নক-ইনে শিবহ্ ।
তাওদো 'দুদি হায়রগে মরম লোয়না শুনবু
ওসিদগী হৌরগা চহি-লিশিং-হুম্ফুবু
ফাররবা সুমিত্রা রাবণ নিংথৌ হিংচাবা
মালেম-থক্তা পান্ননি ওইরদুনা মীওংপা।
পৃথী থক্-থক্ নিকনি সাধু-ভক্ত নংগনি
ধর্ম্ম-মখোং নামবু শোইদনবু তেক্লনি ।
তাইবং-মীয়াম লোইনমক হায় হায় কৈনো হায়রনি
ইংনা তপ্না পাঞ্জবা মীপুম খুদিং ব্রারনি ।
মতৌ অহু উবদা মনাই কন্নিংলক্লুনা
নারায়ণ-দি প্রভুনা মালেম কন্নি হরাওনা ।
নিংলিবসি পাংনবা দশরথ-মচুমদা

পাবি-নাওরা ওইনবু অবতার তৌনিদা ॥
লক্ষ্মাদেবী তুংইন্নি জনক মমোম ওইগনি
ভবত-লক্ষ্মণ অকনবা শক্রুঘনো য়াওগনি ॥
মহেশ্বব মপাওখোল তাবঙ্কনা অনিনা
চিংনববু কোকখিয়ে নোক্লম্মিদা হুংঙাইনা ॥
অদু রাবু লোইবগা অমুক হন্না হায়বকই
মাইথোং-মঙা লোংলবা শিব তন্না তাক্লকই ॥
পাপী তাপী রত্নাকব শীংনাইদনা পাপ তৌবা
হুরান-চিন্থি লুচিংবা শাখিনবু মীওৎপা ॥
মাগী নাক্তা চৎলুবো বাম মিংথৈ তাক্লুরো
মাগী মতেং লৌকুবো বাম চরিত ইহল্লো ॥
নামগী গুণ না লাল্লগা রাম-নাম শনগনি
জগৎ-পুন্থা শোনগনি মহাক্তৌনা লানগনি ॥
শিব-য়াথং কোকথোং-না ব্রহ্মা-নাবদ অনিদা
অশি-লমদম মর্ত্ত্যাদা তন্নবুদি কুমখিদো ॥

৩

মর্ত্ত্যলমদা কুম্লক্লে ব্রহ্মা নারদ মুনিদো
চ্যবন-মুনি মপাবি থিদুনবু লাক্লেদো
মীনা থংবা ওমদবা লম্বোইবগী ফীজেত্তা
শকলোক্তুনা চৎলম্মী অমর অনি অদুত্তা

উমং-অশোং মন্থুংদা পান্দেল উনাপুংগদি
অমগীবু মথক্তা কারহুনা লূখদি
কনামতা উখিদে রত্নাকর হুরানবা
লম্বোই-ফীজেং শেংচনা ব্রহ্মা-নারদ লাক্লম্বা
অহুদবু উখিয়ে মথোই তম্না চংনিংখি
করি-লৈতা অনিগী মকী হুদা য়ুন্নিংখি ॥
ফত্ত-রাখল অসিবু লেপ্লহুনা পুক্নিংদা
চ্যবন-মচা ডাকুদো ব্রহ্মা-তান্না চংখিদা ॥
ব্রহ্মা হাৎকে হায়ন্থনা য়োৎতুম-গদা থাম্খৎখি
য়োৎতুম-গদা অরুম্বা খুৎপক্লনা লৈথোকখি ॥
রত্নাকর শুকখিদা ব্রহ্মা-মায়া থংখিদে
করি মতৌ কৌবনো পোলেপফম্বু শুমখিদে ॥
হুরানবদি পাপীনা মওন-মওন খল্লিনৈ
ব্রহ্মানবু য়েংহনা হংলকখিনে অহুনৈ—
হায়য়ু ডাকু হুরান্নবা নমিং করি কৌবগে
করি কান্ন' ফংনবা ঐবু হাৎকে নিংবগে
ফীজেৎ-উকু শেৎপনি করি ইরল লৈজদে
ঐগী থরাই লৌরগা করিমতা কান্নদে
অসি খংবা নহাক্লা খংনা খংনা হাৎনিংবা
মরম ঐদি খংদেদো তাসি নহাক হায়য়ুবা
য়াদি তম্না রত্নাকর খুমজকইদা চিম্বক্লা
নথরাইবু হাৎলগা নঙ্গী মুনগে তৌ'নিদা ॥

নংবু হান্না হাৎত্রেদি নপোৎ মুনবা য়ারোইনে
নপোৎ-লিকপা খংদুনা হান্না হাৎকে তৌবনে ॥
বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বা মীহাৎপরোম্ য়েংহুনা
অমুক হন্না হায়রকই খংজশনু হায়দুনা ।
হায় হায় পাপী মীহাৎপা, মী-হাৎপগী ফল-হায়গে
নাকোং শেংনা তাজোকো অওইবদা মহায়গে
য়েক্ল-চামা হাৎপগা কাওরেল অমা হাৎপগা
মান্নবনি খংউকো তিনয়োৎননা খল্লগা
নুপী-হুজা অমতং হাৎলুবদি মীহাৎপা
কাওরেল-চামা হাৎপগা মান্নবনি অপংবা
ব্রাহ্মণ অমা হাৎপদি নুপী চামা হাৎপনি
ব্রহ্ম-চামা হাৎপদি পুণ্ডমদবা পাপ-হৈ-নি
ব্রহ্মচারী অমবু হাৎলুবগী পাপ-হৈ-দি
ব্রহ্ম-চামা হাৎপগা মান্নে কাউহু মসিদি
ব্রহ্মচারী ওইরিবা লম্বোইরবা ঐহাক্কি
ঐবু হাৎপা হায়হুদি মংগী নপাপ চাওগনি ॥
সন্ন্যাসীবু হাৎপদা অস্তুক য়াম্না তৌহৈদে
মপাল-নাইত্র' নরক্তা তানি হায়না তৌনদে
মাগী মঙ্গল অচৌবা তাজন্ত্রিবা নহাক্কি
নাকোং শেংমা তাজো-ও হুংশিহুমা তাকপনি
ঐগী আত্মা অমরনি নংনা হাৎপা ওম্মোইদো
শিবা নাইবা হকচাংসি আত্মা মানা পুরোইদো

হকচাং অসি হাৎপদি ঐবু হাৎপা কৌদেনে
মুন্না খংউ তাক্লিসে নমিৎ পাংলি পাঙঙুনে
সন্ন্যাসীগী মণ্ডপদি লোইবা নাইদে থিংনা
লোইনা তারোই হায়রস্থু অসিমতং তাহৌনা
মানা লৈরু' মকমদো মকমত্থগী অকোইবা
মরাক-ময়ুং মান্নবা ক্রোশ মরি অপাকপা
পাক্লিসিনা কোনথুংবা লমলেন লমপুং ওইবদো
কাশী-তীর্থ ওইবনি মুন্না খংজহৌরোদো
হুংশিদুনা তাকপনি থন্নাই কল্লু হায়দেয়ে
খংনা খংনা তাক্রদি নংনা ব্রাবা লোইরোইয়ে ॥
থাজফমস্থু থোক্কবা থাজবস্থু ঙমদবা
রত্নাকর হুরানবা ঙাংথোরকই মীহাৎপা ॥
হায় হায় বামোন কীগনবা থন্নাই মাংনি কীদুনা
পংঙাং ঙাংজশারিবা থাজসিগে করন্না
নহাকুম্বা সন্ন্যাসী কয়া কন্না হাৎলে-ঐ
কৈস্থু তৌদে হৌজিক-ফাও ঐ-সে ওইনা লৈরি ঐ ॥
ইরেঙনা ছায়রিঙৈ নফী থোক্লো পিরক্লো
য়াদ্রবদি থংজোদো থন্নাই মাংগে হায়রক্লো ॥
ঐদি লেম্না থারোইয়ে ইথৌ-পাংথোক্-পুণানি
মীহাৎপবু ওইদুনা শিল্লাংলিবা ঐহাক্লি ॥
নংগী মোইথেম ব্রাহৈনা পেৎপিদৌবা নত্তেদা
থন্নাই মাংলোই হায়রগা নফী অদু পিরোদা ॥

রত্নাকর হৈরানবা ভকশিল্লক্লে কল্লবু
কী-থাদবা ব্রহ্মাদু রা-হায়রকই তল্লবু ॥
ফরে ময়াক্রবদি ঐবু হাৎপা তারেদো
ঐনা শিনা তুবদা যাম্না মুন্না য়েংউদো
ঐগী হুকচাং অসিনা লৈমায়থক্তা কোয়রিবা
ককচেং কয়া নমগনি য়েংউ মত্থ নন্দবা
নত্রবদি মহাক্কী পাপকী মশীং থিংল্লোই
জীব লিশিং হাৎপগী পাপতি নংগী কোব্ভল্লোই।
ব্রহ্মা-মরা তাবদা তন্নবুদি খুম্লকই
জীব পিশক্ ককচেংনি করি তৌগে হংলকই
মহাকুম্বা মীওইবা হাৎপদদি হাল্লেংদা
ককচেং থরা হাৎপবু থোশাক্লনি হায়য়ুদা
হৈরাম্ভোবা মীহাৎপা রত্নাকর মহাক্কী
মরাহৈবু তারগা ব্রহ্মা ঠাকুর খুম্লক্খী
ফরে অত্থ হায়রম্ভু ককচেং থরা শিববু
করম হায়না নাচুংনি মহাক্কুম্বা টাকুবু
অত্থম্ জুত্থুম্ ওইনমক রাহংমচা অমতং
হংনিজ্ঞভিদা ঐহাক্কি পিয়ু পাওথুম অমতং
চহি কুমজা কয়ানো লংজরক্নি মহাক্না
পাপশীং থীডম-লাকওমদা তৌরাক্লদো তত্তুনা
অরেপ-অথম নাইদনা লংলক্লিবা পাপশিংসে
করম হায়না থাংগেগে অত্থক হায়রু তাগেসে

নপাপ শরুক য়াবিবা কনা য়াওবিগদৌরি
নথন্তনা পুবদি করম্ হায়না ঙমদৌরি
রাহং অসি তাবদা করিমতা থন্থদা
ইরায়-লায়না রত্নাকর পাকৃপু হেক্তা খুমখিদা
করি তৌগে অহুবু ঐনা তৌবা পাপ-পুন্না
ইমা-ইপা থাকুবা ইতু-ইচা য়োক্লবা
তৌবা ভাক্তি করিনো ইশা-ইদোম ফংভোইদা
মখোই লোইনা য়াওগনি লোইনমক্তা তৌ-নিদা
ঐনা তানবা লন্দুনা ঐখোই লোইনা চাবনি
ঐনা ফংবা পাপ তুস্থ ঐখোই লোইনা ফংগনি ॥
মাগী রাহ্ন ভাবদা ব্রহ্মা ফাক্ ফাক্ নোক্লকই
করম্ হায়না পুমিন্নে হায়য়ু তাসি হায়রকই
লৈশেম-নুংশেম হোরকঙৈ ঙইথোক্তবা থবকপু
নংনা করম হোংদোকপা ঙম্মি করম হায়নবু
মানা মানা তৌজবা মানা মানা ফংবনি
মীতোপ অমা কোল্লবা য়াদে থংউ হায়বনি
লাইগী রায়েল থুগাইবা নতিক করি লৈবগে
লৈশেম্-নুংশেম্ ঙম্নবা নরৌশিং করি চেনবগে
নমানস্থ য়াবিরোই নপানস্থ তাবিরোই
নতুনস্থ য়াওবিরোই কনামতা তাবিরোই
থাজদরে হায়রগা তন্না চৎলু হংলুচো
করি হায়না খুম্নকপা অহুক চৎলু তাকচো

নংনা হল্লক্লিক্লাওবা লৈরমগেদা ঙাইহুনা
চিংনবু তৌগন্নু ঐসে চেন্নি থন্দুনা
মথোই ময়াম অহুনা নপাপ শরুক য়ারবা
তন্না হল্ল' নঙাক্কা ঐহাকপুদি হাৎলবা
করিমতা হায়জরোই য়েৎচববু তৌখ্ররোই
নংনা নিংবা তৌবদা করিমতা থিংলরোই
অা-হু উথোং অাসদা ফমহুনবু লৈরমগে
চৎলো চৎলো থুনবু করিবুদি হায়বগে
হরাও-মুংঙাই য়াম্মনা পুক্লিং চিংনা চিংননা
ডাকু তন্না থুমখিদা থাজ-রাৎপা খোহেল্লক্কা
নংনা তৌরি মতৌসি করম্ হায়না থাজোগে
চেন্নবা থুজিলবু নত্তে করম হায়সিগে
নথরাই মাংনি কীহুনা ঙইদ' পরেং শাবরা
মালেম মরোল থক্লিদা ঐবু পংই থনবরা
বিধি-ব্রহ্মা লৈশেম্বা রায়েল-পম্বৌ অহানবা
তন্না সত্য তৌরকই ডাকু-থম্মং য়ৌনবা
মহার্কীদি কৃপানা রত্নাকরহু কীরকই
হংলুবনা চুম্বতাই অস্নুম হায়না থল্লকই
হন্না হন্না য়েংহুনা পম্বৌ-মনাক য়ৌনবা
খোংথাং থুনা থাংনবু চেনখিনেদো হরানবা

৩

নিংজিং-মাংজিং খোয়রাংনা রত্নাকর মীহাৎপা
পম্বৌ-পোকপা মফমদা য়োনা চেনখি হুরানবা
পম্বৌ-মাংদা লেপ্তুনা সোয় ফুইনা হোন্দুনা
গতি-লৈত্র মতাগুম হংকরকই পারিনা
ম'লেম মশক উরকঙৈ পম্বৌ নংনা য়োক্লকপা
নপারি-পাম্বোম চাওক্রিঙৈ লুনা চায় তোৗরকপা
নচা ঐনা কাওজদে পম্বৌ-লমন তোল্লকপা
লমন-শিংবা জুম্বা পাম্বোম্ তিংনা মীহাৎপা
পম্বৌ-নগুং লাংগীনি খঞ্জদুনা তৌরুবা
পাপতি মশীং নাইজমদা কংবা নচা ঐহাক্না
ইদোম ইথন ফংগত্রা য়াওরোইদরা পম্বৌনা
মীহাৎ-মীফু তৌরগা পোল্লাক্-পোৎ কংলকপদি
নচা ঐনা ফংদেদো ফংই নখোই লোইনদি
মতৌ অত্থম তোঙ্গনা ঐনা তৌবা পাপকুম্বু
ইথস্তনা ফংফদে ফংকম থোক্পই নখোইম্বু
পারি-মপাও তাবদা চীংনা লেপ্পা চ্যবনদো
থংহল্লকই মচাদা করি হানো হায়রিদো ॥”
পারি ইবুঙো সুংশিবা হাথয়্ তাসি ইপাদা
কনানবু নংঙ্গেন্দা তাক্লুকপগে তম্মুদা
মপা লমন শি'ববু তৌনি'দবা কনানো
মচা চাওন' য়োকপবু অস্থম থোকউ তম্বনো

শাস্ত্র করম্বদবু য়াংঙরিবগে হায়য়ুদা
মচানীনে পাপ্তুবু করম চংই মপাদা
অপংবা হাই অঙাং-ও করম হায়য়ু হায়বনি
অহল ওইবা মপাদি মচা অমুক ওইবনি
নংনা নাওরা ওইরিঙৈ নপা ঐনা থাক্লকই
চদোম নখোং লেপত্রিঙৈ ঐহাক্কবু য়োক্লকই
কয়া রানা য়োক্লকপা কয়া কন্না নোম্লকপা
নহাক্কবু চাওনবা কয়া রানা ঙাইরকপা
পুং-পু কৌবা নরক্তা তাগে তৌবা মতমদা
ইচা নংনা কনগনি হৈরকপানি অশাদা
অতুদগী চেন্দুনা অহল ওইর মতমদা
মিঙ্তাংবগী চৈংগুম ওইবা নংনা ঐঙোন্দা
আশা অসি তৌরকপা আশা কায়বা হায়বরা
নপা য়োকপা নথৌনি কাওখোরগে নিংবরা
নংবু ঐনা ইনশন্দে ফক্ত'থবক তৌদুনা
নপা থাকউ হায়নবা নপাপ য়াওগে খন্দুনা
নপা-নমা পেন্নবা সেবা তৌবা নশিংস্নি
নপা ঐনা পেন্নগা লাইয়াম পুন্না পেনবনি
নপা ঐবু মুংশিল্ল লাইয়াম-শাপ্পু ফংগনি
মপোক মপোক থুদিংদা অরাবদা ফংগনি
নংবু চাওন' য়োকপদা ঐনা তৌবা কর্ম্মগী
মহৈ ফংউ হায়নবু তাখ্রে নাকোং নহাকী

চাওরে নহাক হৌজিক্কি নংনা ইপা শক্লেদো
ঐবু য়োকপা থাকপদি নথো ওইরে খংলোদো
মীহাং মীপুন তোৎলনা ঐবু থাকউ হায়দেনা
করিগীদেনো অতুদি নপাপ ফংনি ঐহাক্না
মাতু য়াদ্রে হায়রগা থাক্লোই য়োক্লোই ননিংনি
নথো পাংবা ঙমদরা পাংদরবা হায়জনি
লাইয়াম থুদিন লেপ্লগা পিরকপবু অরাবা
ফংজববু নহাক্না থল্লু খংবা ঙম্মবা
মপা মুনি চ্যবনগী ময়াথংবু তাবদা
রত্নাকর মীহাৎপা নিংববুদি কায়খিদা
থল্লকৃইদা ভমদা পলেম-মমা লৈবিনা
মচা-নুংশি-মেরিদো মুংলমথিরোই থনখিনা
য়াদি ভম্না মপাবু হুৎক্লেক্লম্লে হুরানবা
নুংশা সোর পাহোৎনা মমা ভম্না পাংখিবা
মচা লাকই উবদা ভরাম ভরাম মমানা
মপাওখোনবু হংহুনা কৌরম্মীনে হরাওনা
হর ও-হরাও ভৌরম্মী পলেম-শকফম উরগা
রামিম্নবা য়াওদোবী লৈরে অমা থল্লগা
রত্নাকর মমাদা ভমদবু হঙংখি
থম্মোই লকাগুংদা। পোৎলুম থাগে নিংজি।
পলেম-পোকপী নুংশিবী নচাগীবু ভাওরবী
মমা ওইবী থুদিংনা মচাবুদা নিংজবী

ইমা নংস্থ মখোয়গী মরক্তবু অমনি
মচা য়াম্না থরেদা নতেং ঙাইবা ঐহাক্নি
পক্লেম-পম্বৌ য়োক্নবা অফ-ফত্তে থন্দবা
পাম্না তানবা কন্নিবু হায়নবুদি থন্দবা
পাপকী মহৈ অত্তবু ইৎস্তনা পুগত্রা
ইমা নংদি য়াওরোইত্রা ইদোম-ইথন রাগত্রা
হরাও-ফেমোন নেত্নখৌ মমাচুগী মায়থোংদো
মচা-মপাও তাবদা হঞ্জনখিদা তম্নদো
শাওরপ য়েংবা মি য়েংনা মচা-নুরামদা য়েংলগা
হাহরবথিনে অশুম্না শবফম পৈরপ তৌরগা
করি হায়য়ে অপংবা হৌনবু থদবা
তৌবিমলবু থংদবা নশাগীদা মথনবা
লোইদাম্ থাবুম তবাবু নাওপুরকপা নমানা
নোমতা লমনবু শিংবা ওম্না নহক্না
গর্ভগ্নুংগী তিন্‌হানা মীওইনবু পোক্লকপা
মিৎকুপ অত্তমত্তগী চাওননবা য়োক্লকপা
কয়া রাখি ঐহাক্না খলিরোহদো নহাক্তি
রাখিবগী লমনবু শিংবা ঙাইরি ঐহাক্তি
অত্তগদি নহাক্না নপাপ পুহম্নিংলিবা
তানিংদেদা ঐহাক্তি নংগী রাহৈ অগুাওবা
করি থোকই হায়দুনা ঙাংজ শারি নহাক্না
ঐনা রানা য়োক্লকপা থংবিত্রিবা নহাক্না

শাস্ত্র পুথা তিন্দুনা অমতবু ওইহনা
থোল্লাও কল্লা লাওবিসে তাব্রবোইগে ননা'না
পলেম নমা হাযসিদি মপা অমা লৈত্রেদো
স্বর্গ কোটি হেল্লগা পলেম ম'নি থউদো
পলেম সেবা তবদি পোকফম লমন শিংবনি
পোকফম লমন শিংবদি মপু থুয়া তানবনি
লাইনি-পবৈ-চংপনা থংগদেবা রাংম্রি
নংবু চাওন' য়োকপদি ভক্ত ওইহল্লিংবনি
নংগী কর্ম্ম ফবনা নগী ভক্তি-মপগ্রা
স্বর্গ কাবা ওনজবা পুরাণ তবামরিনা
অঙ্গনিনে ইমনা নিজবরূপা আশাদি
কাযবেদকো ইবুংঙা ইমানবু নিংবদি
পন্থো য়েংই য়াবক্তা পলেম ফই মচবা
গতি লৈত' রত্নকর ওইখি মাগী থে'য়রাংবা
পলেম-পন্থো য়াম্রস্থ পুন্সি-খোংলেংত হিল্লবী
মুসী মাদি ঐহাক্কী মুশি-ইহন মাল্লবী
মহাকবিদি য়ানিদা ইপাপ্ শরুক্ লৌ হায়বা
হংউখিগে মংঙোন্দা তগে মপাও অথুম্বা
পায়বা মংদা অসিবু থম্রে হায়গ' ছরানবা
খোংগোয় মাগী মকমদা থুনবুদি হংখিবা
হায়বু তসি মুংশিবা বাবনবু লোইরেদা
নবাহৈদি অথুম্বা তারগবু কোক্কেদা

অক-কত্ত' খন্দনা ভাংলুবদি লন্দুনা
নংবু ঐনা য়োকপানি ফিংই নংমু মুঙঙাইনা
অরা-মুংঙাই শরুকপু ৎুমিংরি ঐখোইনি
ঐনা মুংঙাইজবদি নহাক্তৌয় ওইবনি
ঐনা য়ার' মতমদা নংমু য়াওনা য়াবনি
ঐগী নিদা হায়রুনা নংমু হিংহনা লৈবনি
মপে'ক-মপোক খুদি মু ঐগী ওইগে নিবদাই
ঐহাক্তবু নহাক্তী শরুক-তথাই ওইবদাই
নংখোয় খুদিং থাক্তবা লনথুমু থিবদা
পাপতি কয়া তৌরে মশাং নাইবা নত্তেদা
পাপ্ন, অস্তুক য়াংসে মপোইগী দি মতেংদো
নংগা ঐগা থিমনা চামিন্নি খঙ্দো
পাপক্তী পোংলুম ঐহাক্তী লুখনবু কোইরেমে
ঐখোই অনি চংহনা পুত্রবাদ য়াক্কেনে
মুপী-মুজা নখোইদি চংবা-শিবা পুম্নদা
নিপা ঐগী হিদেনি ঐগীদমক শিনদা
মাগী মরৈহ তাবদা তনিক্ তনিক্ তৌহনা
তংক্ তথুক্ খুমখিদা মাগী ওইবা মুপীনা
করি য়ানো ইন্দুংতো তাকপিরিবা য়াথংদো
পংনা শোম্না লৈজবী ঐদি ভাবপু হাত্রেংদা
মতৌ-থোদাং পাংজগে হায়নরুদি লৈজরি
য়ারে য়ানিমজগে খন্দুনবু লেপচরি

ওক্রুবন্থু নহাকসে ঐগীদিনে লাইনিদা
খিরবন্থু ইবুংঙো শকহেনবনি ঐঙোন্দা
অহুমকপু ইবুংঙো নংনা তৌবা মহৈদি
নহাকতনা ফংদৌনি ঐদি ফংলোই মহুদি
নংনা মীহাৎলুবদি নিংথৌ-দণ্ডি ফংলমদাই
ঐনা ফংগে য়াদেনে নথন্তনি ৱারমদাই
কোয়না কোয়না লম্বিবা নিপা নংগী থৌদাংনি
ইমুং-মুংদা নোম্বনা হুপী ঐগী ইথৌনি
নংনা কোয়তাল তাল্লগা পুরকপদি লন্দুনা
ঐবু য়োকউ ৱায়েনবা লাইগী মীগী ৱানিনা
মীপোৎ হুক্ল হায়দেনা মীথ্রাই লৌক্ল ইনশন্দে
ইনশন্দবা ঐহাক্লা নপাপ শরুক য়াফদে
মুংশিবগী হায়রদি নপাপ লোইনা পুনিংই
পুকম থোক্তবহুদি পুগে কনা হায়নিংই
মহুগুম্বা য়াথংদো পাংদরবী ঐঙোন্দা
অমুক হন্না তাকপিবা তৌহু নংনা ঐঙোন্দা
অৱা-মুংঙাই পুদৌবী হুপী মানা হায়রকপা
ৱাহৈ অহু তাবদা য়াদে মপুক নেমজবা
মাগীনিবু হায়হুনা য়েংলু' য়েংলু' মায়কৈদা
অমতবু লৈরমদা ৱাবা খন্বু থেংথিদা ॥

৩

মহু-লিশিং পানবা লিল লিল মাগী মশকপু
ওইরবুনা পাপয়াম্না চিকপা হৌরে মহাকপু
করি-করম তৌরগা পাপয়াম্ কোক্নি থল্লক্রে
মুংশিরবা থরাইদো তম্না থাগে নিংলক্রে
হিংলুহ্‌না কদৌনি ঐগী কনা লৈত্রদা
অসি হায়না থনবনা রাম্বহুনা তুথিদা
য়োৎতুম-গদা থাদোক্রে রাম্বরেদো মীহাৎপা
ওাইহাক পুজোই লৈরগা হম্বরকই মীওৎপা
মিৎলু অনিহুদগী তরং-লাইজ শিম্বরে
কপ্পা কপ্পা চেনথরে সন্ন্যাসীবু থিথরে
খোংদোই য়াংনা হন্দুনা ব্রহ্মা-নাকপু য়ৌরুরে
মখোং থুয়া অনিদা তুরহুনা হায়রুরে
ভক্ত-সাধু অথংবা, তাকপিয়ুনে ননাইদা
গতি লৈত্রে ননাইদি শিজরগে ঐহাক্তা
পলেম-পম্থৌ অনিমক মুপী মাসু য়াওননে
লোইনমক্তা হুংলুরে অমত্তম্ম য়াদেনে
ইপাপ শরুক য়াবিবা কনামতা য়াওবিদে
ইদোম ইথন্ ইরাম্নং লোইদৌরিনে ঐহাক্তে
মালেম লৈকোইমুংসিদা পোক্লকপম্ম ইথস্তা
শিরম্‌দাইম্ম প্রভু-ও ইথস্তনি ইথস্তা

থংলক্লেনে চৌজিক্তি হিংনিংদরে ঐচাকতো
মালেম তাইবং থাহ্না চংনিংফেনে ঐহাকতো
তাকপিরোনে ননাইদা তোল্ল-তার ঐতোন্দা
পাপয়াম্ অসি কোক্তুনা লানগদোবা লখিদা
ইমা-ইপা অপুম্বা থাদোক্লগে তম্মক
হিংনিংদরে ঐহাক্লে হিংবা মখোইগীদমক
করি তৌঞ্জৌ চায়রগে তাকপিবদা তোজনি
মতৌ করম তৌরগা ইপাপ-অসি কোকনি
মতৌ অহু উবদা মুশিন্থনা ব্রহ্মানা
তাকপিরকই য়াথংবু তৌগদোবা মহাক্না
আদা লৈবা পুখ্রিদা ইরুজরু কুমহ্না
নখা অহু শেংলগা তাক্লি পাওতাক ঐহাক্না
ব্রহ্ম-য়াথং কোকখোংনা' রত্নাকর চংখিদা
ওস্থোকপনি পাপচেনবা মানা য়ৌবা মক্তুদা
ইমায় চোম্বা লৈরম্বা পুখ্রি জাগোর অচৌবা
ঈশিং ইরিক অমক্তাও লৈতনবু কংখিবা
পাপকী দণ্ডি কয়াদা চাওনা ফংই খনবদা
বাবনবু থমদোংখি তম্না তমখি ব্রহ্মদা
ঐগী ইশক উবদা পুখ্রি ইকং ওনথরে
চাওখ্রবোইদা ইপাপতি গতি অমা লৈতরে
বাফম অসি তাবদা মোমোন মেমোন ব্রহ্মানা
কমণ্ডলু পাইখৎলি চাইখি ইশিং লোহ্না

কমণ্ডলু-ইশিংনা শেংদোক্লবা হুকচাংদো
মন্ত্র পিবা য়ারল্লে তারক-মন্ত্র তাকপিদো
মহামন্ত্র অথোইবা তারক-ব্রহ্ম-মিংথৈদি
রাম কৌবা মিংথৈদি তাকপিখিদা তম্নদি
রাম-রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা কাওবা শুকখিদো।
নামগী গুণদি কৈছায়নি অমুক্তবু শোনবদা
কোক্লকপদি পাপশিংদো মীওই মপোক অমদা
পাপী মানা তৌজবা মপোক'মগী পাপশিংম্না
রাৎপগনি হায়রিয়ে শাস্ত্র পুম্বা তিন্দুনা॥
মচিন-মরৈ পান্দবা মরোল লোনবা শুমদবা
উপাল-রাপাল পুম্নমক্ লোইবী চিংজাও অচৌবা
মথোই থিবিক অসিস্থু সাধু-লাইশোল তাবদা
থোম্বাং কম্না য়ৈহুনা অরাল-খুভম কংজৈদা
শোনগে হায়না শোন্দবা অহুক্ মপাম্হোকউবা
অহুগুম্বা পাপী কাও নাম-গুম্না লাল্লিবা
হুংশি হুংশি শোনবদা য়েংথি য়েংথি চৈবদা
পল্লুবগী মহৈদি অরাল-খুভম কংইদা
অঙকপনি অঙকপা ভমকম থাঙ' মশকম্নি
কবি-থোর্জে মায়থিদা মগুণতনা হেনবনি
অমুরক্তা শোনবদা রত্নাকরগী পাপ কোকপা
ব্রহ্মানবু শুকখিবা করম্নবু হায়দোকপা

গুম্বা নত্তে লিজবা ঐগুম্বদি তোনবনা
তোনবদসু নত্তনা পাপসু কল্লা চেনবনা
থম্মোই লকাম্নুংদবু লোৎলম্বদি পাপ পুন্বা
রাম-মিংথৈ গুমজিংনা থাক্তমথৈ শিৎথিবা
রিপু-তরুক শাম্নফম ওইহুনবু লৈরম্বা
ডাকু মাগী হৃকচাংহু হরি-মন্দির ওইথিবা
থম্মোই-লকাম্নুংহুদা নামগী আসন থাথিবা
পাপকী পুকচেল থাহুনা নামবু চেৎনা কোনথিবা
তাইবং-মালং মপুগী যাহু হৈবা মহাক্কী
করম থংনি ঐথোইনা লৌনম মায়া মহাক্কী
রত্নাকর মহাক্কা লৈরম্বদি মফমদো
মফমহুগী অকোয়বা পাক্কা চাউনা কোনবদো
মলয়-সুংশিৎ নামিবা হৈনম-লৈনম নম্বোবা
তৌররেদো থৌগলবু হোরে লিরি-শিৎচবা
য়াক্লেন য়াকপা সুংশাসু সুংশিৎ সুংদা লুপ্তুনা
য়েনিং-হুম্বা ঋতুগী মেংবা শক্তম্ লৌথিনা
হৈপাল-লৈপাল নিংথিথি উরি-উনা তেকথৎথি
অয়েং-মিৎপু গুকহনথি পুক্লিং থুদিং গুমহৎথি
মনাই-ভক্ত লৈবা লম হরি মানা লোয়নকম
তশেং তশেং উৎথিদা ওইথি পুক্লিং গুমহৎকম
পিক্কা তোম্না থনম্বা মহুম-মচা স্বার্থদো
রাম-মিংথৈ মগুম্না তাইবং-মহুম কংথিদো

মপা-মমা মুংশিবা পারোল-পুরোল শনখিয়ে
তাইবং-মালেম শক্তমবু মমা-শক্তম ওনখিয়ে
নাইতোম তানা লৈরম্বা জীব মাগী আত্মাদু
ওইথি তম্না থুনদা চাওরেল চাওবা আত্মাদু
থমুংদগী শুংলকপা খোঞ্জেল মাগী মুংশিবা
মুংশিরোলদা থংখিদা অশুকপনি অশুকপা।
য়ুমদা হনবা কাওখরে পন্থৌ-পলেম কাওখরে
হকচাং-তংথায় পুরিবী মুপী মাম্নু নিংদরে
তাইবং পুম্বা কাম্নবা পারোল-পুরোল লাম্নবা
রামগী নামবু শোন্দুনা লৈগে নিংখ্রে মীহাৎপা
রামগী ভক্ত মহাকপু পারি ওইনা ফংবনা
চ্যবন মুনি মহাকপু য়েংখ্রে রাম্না শেন্দুনা
রত্নাকরগী মমাম্নু মহাকোদি মুপীম্নু
রামগী থুয়া চংহুনা ওমখ্রে লৈবা মখোইম্নু

৬

মতৌ অম্নুম তৌহুনা চাবা থকপা কাওহুনা
রাম মাগী মিংথৈনা চারা-নোংথম্নহুনা
লেনখিবদি রত্নাকর করিবুদি হায়গনি
রাম রাম খোঞ্জেম্না সোর লিশাং ওইবনি

লৈখিবদি মকময় মচি অমা লেংখিন্ত্রে
উইশনখিবা মিৎয়াদু পাংববুদি লৈখিন্ত্রে
নাক্-য়েং অমা হাঙদোকপা মিৎকুপ অমা তৌন্ত্রেদো
মুংছুম লেংদ' অমনা মরা তা'গুম কমখিদো
মিৎকুপ খুদিং লেনখিবা পুংজা খুদিং শারকপা
হুমিত্তগী থাবুমু অস্থম অস্থম ওইখিবা
কুমজা কুময়োন ওনখিবা কনানবু খংখিবা
হৌখি হৌখি মতমদো ওমদে মশিং লাক্লঞা
লৈশৌ-মপী অমথক মচা-মনাও পুত্থনা
ভক্ত মাগী থোগলবু থরাই য়াওবা তৌখিনা
য়াক্লা চাকপা মুংশানা চাকহল্লোইবু হায়ত্থনা
মুংশা-কনবা লৈপলবু নাথৎকেবু খনখিনা
মৈচ্যাংদবু লৈনাবা লোইনবদি হোৎনখি
লৈশৌ-মপী খুৎহৈবা থরাই য়াওনা লুচিংখি
লৈশৌমুংদা ফমত্থনা মুংশা-মৈশা কোক্লুনা
ভক্তি-শৈহো হৌখিবা শোনবা ওমখি তত্তনা
চারা হেনবা মরম্মা দেহে মাগী অনোয়বা
নোংমা নোংমা ওইত্থনা খংহৌদেদা হন্থবা
শরু-পোলাং অকংবা উনশাতনা য়োম্লম্মী
থরাই-মিত্থন অত্থুতা পিক্লা পিক্লা হোল্লম্মী
লৈশৌ মথক অতুদা উনা পুংবা পামেল্লা
য়ারেক-সন্ত্রী লৈথগুম মোংজু মুংশা কনখিনা

মুনিদেব বাল্মীকি মতৌ অস্তুম লৈখিবা
চহি কুমজ্জা লিশিংবু থংহৌদেদা লিৎখিবা
অসোমদনা কমদৌরি দশরথ মপারি
রামচন্দ্র অকনবা অযোধ্যাদা পাল্লরি
রাবণ নিংথৌ ছিংচাবা মীওৎ-শাথৌ অথৌবা
শাগৈ তুম্না ছাৎলম্বা মালেম মিহুন হম্বা
লৈপাক প্রজা মুংঙাইরে রাম-সীতা ফংজরে
গোলক পুরী য়াইফরেন কুমক্লবোই নিংথরে
মতাং অসি য়ৌরগা ব্রহ্মা বিধি নোংদম্বা
রত্নাকর লাইনিংফম তম্না চৎখি য়ৌনবা
লৈশোৌপুংবু উরগা মীশক'মতা উথিদা
তপ্পা ইংনা থোরকপা রাম-মিংথৈ তাখিদা
হরাও হরাও ব্রহ্মানা ইন্দ্রদেব কৌরকখি
লৈশৌ-চামথোক ঙম্নবা নোংজুনবা হায়জখি
ব্রহ্মা-য়াথং ফংবদা সোরারেন্দি ইন্দ্রনা
নোংজু-পেরে হৈথখি থিনববুদি তৌদনা
কম্না চেৎনা লৈরম্বা লৈশৌপুংগী লৈপাক্কো
নোংজু শাফু য়ৈবদা লৈনাং-ইরি ওনখিদো
মুনিদেব রত্নাকর শরু-শয়াং ওল্লম্বা
রাম-নাম্না ঙাক্লম্বা অঙকপনি অঙকপা
হুংশি মুংশি ব্রহ্মানা কৌরম্মীনে তরাম্না
বিধি-য়াথং তাবদা মিৎ পাংহুনা মুনিনা

দগুবৎপু শাহ্নুনা থুরুমখিদা থিন্দনা
কোকথক্তুবু হাপখিদা থুয়া ঊফুল লৌহ্নুনা
ঙাইহাক পোথাক্লুরগা ব্রহ্মাদবু হঙংখি
তাইবং-শেম্বা বিধি-ও চানবিয়ুদা হায়জখি
রামগী মিংথৈ তাক্লুনা লাইশোগ মাগী তম্বিবা
নচা ঐনা কাওজদে ঙমদে লমন শিংজবা
করি য়াথং তাকপিগে হায়হ্নুনবু লেংলকপা
অপংবদি নচাদা তাকপিম্মুদা অপোকপা
মপাওখোলবু তারগা বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বা
হায়রকখিনে মুনিদা লৈবাক রায়েল শিন্থাবা
নতৌ অসি উবদা ইঙক ঙকখ্রে ঐহাক্তি
নমিং অমা নহাক্কী থোনগে তাউকো ঙসিদি
কুমজা অম্লুক য়াম্নবু লাইনিংলকপা নহাক্না
লৈশৌ-মুংদা য়াতাবা হরি-ভক্তি পুকথম্না
কৌরগেদো ঐহাক্না লৈশৌমনুং য়াহিপ্পা
রাম-মিংথৈ য়াওনবা বাল্মীকিদি মিংকবা
শিংনাইদবা নপাপ্তু রামগী নাম্না কোকপনি
নামগী গুণবু শন্দোকপা খংউ নথৌ ওইগনি
মতাং তরেৎ থোক্লুবু লেংউ পুরান মহাক্কী
মুংশি-লমন-পামদবা শিংউ লমন মহাক্কী
ব্রহ্মা-য়াথং ইগ্নিংবা ইনুফম্-লাকফম্ খংদবা
বাল্মীকিদি মুনিবর রাথি য়াম্না অচানবা

রামগী মগুণ তাবদি থম্বু থমখো অওইবা
খোৰ্জে খুত্তং পায়রগা ইবা চায়দো অশেংবা
য়াম্না লুনা খর্নখিয়ে পোক্লকঙৈগী তোরক্তে
করম হায়না লেংগনি খোৰ্জে 'মুক্তা ইল্লক্তে
ঙাইহাক পুঙ্গোই খল্লগা বিধি-ব্রহ্মা খুয়াদা
তন্নদবু হুঙ্গংখি নিংজববু লোয়নদা
ননাই-তোল্ল 'ঐহাক্তি মীহাৎ মীপুন্ ইথৌ ওই
পাপ্‌য়াম্ লংল হিংবনি পাপ্তনবু ইথৌ ওই
হিংলকপনি ঐহাক্তো ঙাকপিহৈবা নহাক্না
ঙাকপিত্নুনা লানবিরে করম লেংনি ঐহাক্না
মুনি-মপাও তাবদা ব্রহ্মা মানা খুমদোকখি
রারুগম্নু মুনিবর কৃপা লৈনি হায়বিখি
সরস্বতী হীরৈমা নচিন-নরৈ শাদোংনি
শৈরেং ছন্দ শুমহৎপা নঙোন্দবু পিরনি
নপুক্লিংদা চপ্‌য়ুংনা লেপ্ত্নবু লৈউকো
নহাক্কীদি নপান্না জগৎপুম্বা লাম্নিকো
রাহৈ অসি হায়রগা বিধি-ব্রহ্মা নোংদম্বা
তম্নবুদি হুনখিদা থার মনাই অচানবা
মপাইবুত্তো ব্রহ্মানা হুনথরবা মতুংদা
রাম-রাম হায়না শোন্দুনা লৈহৌইনে মথন্দা
অহিং-মুথিল নাইদনা হরি-ধ্বনি মন্নিন্না
বাল্মীকিগী তপোবন পুম্লিন নিম্না লৈখিনা

কোরৌ-শিংবুম কয়াবু মতৌ অস্থম লেনখিদা'
রাম-মিংথৈ নত্তনা খংদে করি অমত্তা
রামগী শক্তি অপুম্বা মমিংদবু হাপথুবা
মাগুম মাগী মিংথৈনা তুজুং-হরাও ফংহনবা
অচৎ-চত্তা লোইনমক লোন্নাইদবা খিবিক্তো।
মুনিনবু শোল্লকপা মিংথৈ মানা য়ৌখিদে।
মতৌ অম্থম তৌহনা পাপকী লাম্মী মপৈবু
তূম্না লোইনা তাম্মোকখি লৈহনখিদে পাপুবু
শেংনা লুনা লৈরবা মুনি মাগী তপোবন
উপাল-হৈপাল চাওবনা থৌগল্লিয়ে তপোবন
মুংশিৎ-নিংথৌ মহাকম্ব লিরি লিরি শিত্তুনা
নামিরবা মিংথোলবু ফংল' মুংঙাই লৈজৈনা
নোংমা কোরৌ হুমিত্তা তমসাগী তোর্ব্বান্দা
পামেল-উজাও মথোংদা কমত্তুনবু লৈবদা
রাম-মিংথৈ শোল্লিঙৈ পুক্লিং-মকা লাম্নিঙৈ
থৌদোক অমা থোকখিয়ে মুনি-মাংদা অহুঙৈ
পামেল-উশা অমদা ঙামু খঙোং তুমা'মা
মুঙেঙাল-চিলওক্লিঙৈ উথোকখিদা ব্যাধ 'মা
ব্যাধ মাগী তেজৈনা খজোং নামা পানখিয়ে
খজোং তম্ন রাম্থখি ইরোম্নুংদা ওনখিয়ে
খজোং খল্লুং ফাওহনা অরা-ইফুৎ ফাওখিবা
মুনিদেব মহাকী লকাম্নুংদা য়ৌখিবা

খংহৌদেদা অতমবু থুনা তম্না য়ৌখিদা
খাটনা-মৈচাক-লাংলবা খঙোং-মিংম্না অতুদা
চেম্থরকপা পীরাংদি পীথম্লিভাই খংখিদে
তমসাগী ইচেলগুম লোই-থম্বা নাইথদে
মুংশি-পম্থুং খুদম-য়ৌ তিম্নরম্বা খঙোংনি
মুংঙাই-পীরাং থমখিবা অঙ্কনা মুংঙাইনি
মুংশি লমথৌ লমহেনবী মামা ইপাথবদি
মুনি থম্মোই পেৎনৌকা য়ৌই পানা খুম্বদি
তেংথা নাওইজরিবা খঙোং মামা খুদক্তা
চিংনা চিংনা য়েংহুনা লৈখি মুনি তম্পাক্তা
চেক্লা-মতৌ উবদা খাঙজমখিদা মুনিনা
থরাইশোক্ল য়ারামা তৌখি শাম্মু খিন্দনা
হাই হাই পাপী শাদামবা চেক্লা তুম্মা অসিনা
মুঙেঙাপ-চিলওক্করিঙৈ হাৎপা মুংশি হৈতনা
য়াইফরম্মু শাদানবা কুমজা চাদা খিত্থনা
মতৌ অসুম চৈত্থমা ‘মা নিষাদ’ হাইহেনা
হৌথিবদি শ্লোকপু ফাওখি জগৎ শিন্দুনা
হীরৈমানা স্বয়ংভুই চোংথোকখিদা মুংশিনা
মতম অসিমক্তদা মুনি মাগী মনাক্তা
তাইবং-য়াইফ-শিন্থা-ওই নারদ লাকখি তমদা
নারদ মুনি উবদা বাল্মীকিদো খুরুমখি
দণ্ডবৎপু শাংনা তা ভক্তি তমা কৎচখি

শ্লোক ওসাই থোকখিছু অমুক হন্না থিদোকখি
নারদ মুনি মফমদা অর্থ মুন্না হংজখি
নারদ মুনিদেবনা অর্থ ওন্না তাক্লক্লে
শ্লোকসিগী ছন্দদা লাইরিক লেংউ তাক্লক্লে
অযোধ্যাদা রামনা পোক্কুনবু পাল্লিবা
রারিপুম্বা লৌহুনা তাকখ্রে নিংথি ইনবা
দশরথ নিংথৌগী লৈমা অহুম্ লৈবনে
রাম-লক্ষ্মণ অনিনে ভরত শত্রুঘনোনে
মচা মরি পোক্কুনা হুংঙাইনবু পাল্লম্মী
নোংদম থিবা বিধিনা হুংঙাই ইথৈহল্লম্মী
নিংথৌ মচামরিসি নারায়ণ-না শায়োল্লি
লক্ষ্মীদেবী ইবেম্মা সীতা ওইনা শায়োল্লি
জনক-নিংথৌ কোম্মুংদা হুমিৎ-থাবু ওইরম্মি
রামচন্দ্র-পাম্বোমগী মনা ওইনা লাক্লম্মী
অহল ওইর নিংথৌনা মচা অহল রামবু
নিংথৌ হাপকে থৌরাংখি য়াখি ময়াম অহুবু
অহুম্নদি ওইরগা মন্থরাবু হায়নবী
ভরতকীদি অয়োকপী শক্তা য়োনা থিরবী
মহাক্তীদি খুজিম্মা রামচন্দ্র ইবুঙেঙ্গা
চহি তরামম্নিবু বোল্লা চৎখি ইবুঙেঙ্গা
মপা-নিংবা রামনা মপা-য়াথং ইন্দুনা
সত্য-ঙাকপা তেংবাংখি অরা-হুংওম্নহুনা

সীতাদেবী লক্ষ্মীনা মপুরোইবা থোগনখি
মনাওবুঙেক্তা লক্ষ্মণস্থ য়াম্বুং সেবা ফংজখি
মতম থরা নৈরগা লঙ্কা-নিংথৌ রাবণনা
রামবু নমথাক তৌহুনা পুখি সীতা হুহনা
য়োংয়াম প্রজা ওাক্লবা বালী-নিংথৌ হাৎতোকখি
মনাওনিপা সুগ্রীব তাংবল থক্তা থাক্লৎখি
সুগ্রীবগী মতেংনা য়োংয়াম তেঙ্গোল পুরগা
ইশিং-ইপাক লান্দুনা য়ৌখি লঙ্কা ময়ামগা
সনাপুংয়োন লঙ্কাদা কুম্নগবু রাঘবনা
রাবণ নিংথৌ লানবিথি শাগৈ তূম্বা হাৎতুনা
মনাই রাবণ লাল্লগা সীতাদেবী পুরকখি
অযোধ্যাদা তম্নবু হল্লকুনা পাল্লখি
মতৌ অশুম নারদনা রামগী চরিত লিরম্মী
বাল্মীকিদি মুনিনা থরাই য়াওনা তারম্মী
মমিংতমক থংলম্বা মওং-মশক নাইদবা
হরি মাবু শরাইনা উনিংবগী খোরাংবা
কোক্লে থুনা খন্দুনা মুনিদেব হরাওখি
নারদ মুনি তম্নদা তৌবিমলবু ফোংদোকখি
নারদ মুনি লেংখরে মথন্তুমক ওাইহৌরে
ওাইহাক পুঙ্গোই নৈরগা কুপা মওাল ফাওররে
খোঙ্গেজ্জে খুত্তা পায়খৎলে মাংদা মুকফু থাহুনা
তাইবং-শেম্বা মবুংঙেও রাঘব মাগী মগুম্না

ছৈমাং ছৈরেংলগুনা খাগী চরিত ইথিনা
খুরুমজখি য়ামদা থরাই মণ্ডা কত্তুনা

৭

শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্গোগী মাগী পুন্সি অসিদা
অরা পীরাং চেনবদি লোইবা ইনাই নাইদেদা
মতম খরা লৈরগা প্রজা মপুক ফত্তবা
থরক্লীবু য়াহৈনা থৌরাংথিনে য়ানবা
নিংথৌ ওইবা মহাক্কী মথৌ কৈনো হায়রগা
প্রজা পেন্না তৌবনা মথৌ ওইয়ে খল্লগা
লৈরিবরু রাঘবনি নিংথৌ-মথৌ তাক্কনা
তৌরকপনি অবতার থংই মচু অচুম্বা
প্রজা ফত্ত খরনা খনখি সীতা অচম্বী
রাবণগা লৈরবী মতম কুইনা লেল্লঙ্বী
রাবণ-নিংথৌ খুৎকনবা মাগী মীওৎ-মৈশাদি
করম হায়না থিংলিনি ফুপীনিদো মহাক্কি
রাম-সীতা অনিগী মিংচঙ্গবু হায়ুক তৈ
থিনা থিনা শাংনবা চাথিদকো নকাতৈ
প্রজা-পেলহন-থরাইপান রামচন্দ্র ইনিংথৌ
মশা-সুখী সীতাবু বোক্না খাখি ইনিংথৌ
বাল্মীকিগী মনাক্তা থনম্নগা লমনগা
থরাইখোরা হন্নকখি রামচন্দ্র মনাওনা

মুনিদেবশী আশ্রমদা সীতাদেবী ইবেন্মা
রঘুশাগৈ ঙাক্লবা লব-কুশ পোকখিমা
মপা-মশক খংখিদে মুনি মনাক্ লৈদুনা
খুজু-খুৎলাই তমখিয়ে রামায়ণবু শকুনা
রামচন্দ্র নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞবু
তৌরববু মতমদা বার্তোন থাখি মুনিবু
মুনিবর বাল্মীকি কুশীলব অনিগা
যজ্ঞ-লৈতেং ওইরখি শকউনখি রামগা
মুনি য়াথং তুংইন্না অঙাং অনি অদুনা
রামচরিত শকখিয়ে শোকখি রামগী থম্মোইনা
মতৌ অশুম তৌদুনা রামলীলা তেংবাংখি
তপোবন্দা চাওরবা কুশী-লব মহাক্কী
মতম থরা লৈরগা রামচন্দ্র নিংথৌনা
সীতাদেবী লৌথৎকে হায়নবুদি নিংদুনা
বাল্মাকিদা পাও থাখি মুনিবর তম্নবু
জগৎ-মাতা পুরকখি সভায়াইদা মমাবু
ওন্থোকপনি ওন্থোকপা তায়োম্নবা বিধিনি
নরাবতার রামনা ককপা ঙমদা বিধিনি
জনক-মমোম জানকী খোংথাং থাংবা য়াখিদে
সভা ময়াই য়ৌবদা লেপ্পবুদি য়াখিদে
অমুক হন্না জানকী মৈনুং চংবা তারয়ে
মহু রাবু তাবদা সভাপুম্বা বারয়ে

বাল্মীকিদি মুনিবর মমুক্তেঙাগী লিংতবা
থুগাইনিঙদা মঙংনা করিমতা হায়দবা
মতৌ অহুর তৌরিঙৈ সীতাদেবী ইকেনা
পৃথিবীবু কৌরকদি হায়দা ইমা ইথেম্মা
কয়া কুইনা রাখোগে নচা লাইথক থিবীবু
লৌশিনখিরো ইমা-ও নমোম পাকল শোনবীবু
ওমজররোই চাং লেংবা তোয়না তোয়না তোবসে
চিংনগনবা তাইবংদি ঐগী নত্রে মথমসে
মমোম-য়ায়া তেংথারোল পুন্নপ পুমা চংদুনা
পৃথীবীগী থম্মোইগুং নৌথিরম্মী থিন্দনা
সীতা পলেম পৃথিবী যুগারমদাই কালগুম্মি
পাক্কা লাউনা চেকথাইরক মমোম তরাম লৌম্মিম্মি
মতৌ অহুম বাল্মীকি মমা-সীতা দেবীব
রামপ্রভু মহাক্কা কনথিদেদা উববু
অহু মতুং থোকপদা রাঘবকীবু থুয়াদা
মরুম থুক্কা লৈরসা রামায়ণবু ইথৈদা ॥

লোইরবা

---

শ্রীশীতলজিৎসিংহনা ইবা লাইরিক অতে

উপন্যাস—থাদোকপা, ইমা, রোহিনী।

কবিতা—কেতুকী, ইথৌলাংবা।

বারিমচা—নৈকোম্‌হদা, নৈন্‌হশি।

জীবনী-সুভাষচন্দ্রবসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ।

অনুবাদ—শ্রীশ্রীনরোত্তমদাসকী প্রর্থনা (লালসা পরেং)

স্কুলগীদমক—1 A Simple Letter-Writer. 2. Boys' Own Easy-book. 3 A Little History of Great Britain 4 অয়াম্বা য়াদ়েং লাই-রিক। 5. অহাংগী ভারত-ইতিহাস। 6. Notes on Indian Reader iv. 7. A Complete key to Modern English Reader for class vi 8. A complete key to Practical English Reader Book 2. 9 A complete key to Practical English Reader Book v.